সুভাষ মুখোপাধ্যায়

# লৈরাং শাৎলবসু শাৎত্রবসু



হন্দোকপা

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

সুভাষ মুখোপাধ্যায়গী অহানবা শৈরেং-নাচোম 'পদাতিক' (১৯৪০) ফোঙলকপদা অঙকপা থৌদোক্কুম থোকখি—খোন্নৌনহা কবি অমনা শৈহৌমক্তদা করম হায়না লৈরাং-খোইমুগী নুংশি-নুংওলদগী নাম্থোরক্লিবা, বাঙ্গালি নহারোল কবিশিংগী চৎনরক্লিবা পরম্পরা থুগাইরবা।

মতম অদুগী অকনবা ঈহৌগা ঈরোইননা মশাগী চহী ২২ তা ডায়রিঙে (১৯৪১) সুভাষ কমিউনিষ্ট পার্টিদা য়াওখি। মদুগা লোয়ননা এন্টি-ফেসিষ্ট রাইটার্স মুভমেন্টতা মাঙজিন থাবা মীশক অমা ওইখি। মতাং অসিদা মহাক্না ঈশৈ কয়া লেংখি, ময়ান্না য়ান্না পান্নখি— কারখানাদা খুঙ্গংদা প্রোসেসনদা মিটিংদা ময়াম পুন্না শকমিন্নখি। মহাক্কী শাংলবা খোঙচৎ অসিদা অহোংবা লাকখিদবদি নত্তে—পুন্সিগী অয়ুক্তা মঙখিবা য়াওলগী মঙলান অদুনা নুমিদাং-ৰাইরম য়ৌরকপদা মীওইবগী থম্মোয়নুংগী লুরবা লমদমদা মঙফাওনরকখি।

শৈরেংতা নত্তনা উপন্যাস লমকোয়-ৰারী অমসুং অঙাংগী লাইরিক কয়াসু মহাক্না ইখি, চেফোঙ কয়াগী পাউমী অমদি সম্পাদকসু ওইখি। ফমদা তাদুনা লৈরিবা মপাগী লায়েংনবা শেন তানবদা কোম্পানি কয়াগী এড্‌ভার্টাইজমেন্টকী মচাক ফাওবা ইখি। মহাক্কী শৈরেং-নাচোম 'যত দূরেই যাই' (ফনা লাপ্না চৎলবসু) গীদমক সুভাষ মুখোপাধ্যায় সাহিত্য অকাদেমি মনা ফংখি (১৯৬৪)। লৈবাক্কী মনুং অমসুং মপান্দগী অতৈ মনা কয়াসু ফংখি, পনবা য়াবা খরদি— এফ্রো-এসিয়ান লোটাস প্রাইজ, কবীর সম্মান, ভারতীয় জ্ঞানপীঠ পুরস্কার অসিনচিংবনি।



এন্দপেপরদা নমলিবা স্কপ্নচর অসিদা তুংগী বা খঙবা নুপা অহন্না নিংথৌ সুদ্ধোধনগী মফমদা বুদ্ধগী অপোকপী মায়াগী মঙ অর্থ হনবা উৎপনি। মখোয় অহমগী মখাদা মখোয়না হন্নিবা অর্থ অদু ইশিনবা মী অমা ফমলি। ভারত্তা লাইরিকলাইশু ইবগী লমদা অয়েকপা লাই ওইনা ফংবা ইহান হানবা রেকোর্ড মসিনা ওইবা য়াই। নাগার্জুন কোন্দদগী (খৃষ্টগী অনীশুবা চহিচা) ফংবা। নেসনেল মিউজিয়ম, নিউ দিল্লীনা য়াবিবদগী।

*LEIRANG SHATLABASU SHATTRABASU* : Manipuri translation by Nongthombam Kunjamohan Singh of Subhas Mukhopadhyay's *Jata Durei Jai* and other Poems in Bengali. Sahitya Akademi, New Delhi 1998. Price : Rs. 40.00

অহানবা ফোঙবা ১৯৯৮



ISBN 81-260-0545-9



সাহিত্য অকাদেমি

রবীন্দ্রভবন, ৩৫ ফিরোজ শাহ রোড, নিউ দিল্লী ১১০ ০০১
লাইরিক যংফম : স্বাতী, মন্দির মার্গ, নিউ দিল্লী ১১০ ০০১
জীবনতারা, ২৩এ/৪৪ এক্স, ডায়মন্ড হারবার রোড, কলকাতা ৭০০ ০৫৩
গুণভবন, ৩০৪-৩০৫ আন্না সলাই, তেয়নামপেট, চেন্নাই ৬০০ ০১৮
১৭২ মুম্বাই মরাঠি গ্রন্থ সংগ্রহালয় মার্গ, দাদার, মুম্বাই ৪০০ ০১৪
এডিএ রঙ্গমন্দির, ১০৯ জে. সি. রোড, বঙ্গালোর ৫৬০ ০০২




মমল : লুপা ৪০

নম্ফম : (ক) সার্ভিস প্রিন্টার্স (কমপ্যুটরাইজ)
৫৫/৬৪ কালীচরণ ঘোষ রোড, কলকাতা ৭০০০৫০
(খ) রমা আর্ট প্রেস
৬/৩০ দমদম রোড, কলকাতা ৭০০০৩০

সুভাষ মুখোপাধ্যায় (পোকপা : নদিয়া, ১৯১৯) বাংলা সাহিত্যগী মমাঙ্গী পরেংদা আসন থারিবা কবি অমনি। মহাক্কী শৈরেংগা অহানবা শকখঙনখিবসি ছাত্র ওইরিঙৈদনি। ১৯৫৬তা মহাক্কী শৈরেং "লৈরাং শাৎলবসু শাৎত্রবসু" ফোঙলকখি বাংলা সাহিত্য-পত্রিকা অমদা। পারুবগা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইজবা অমা ফাওরকখি, করিনো ইথিল অমা পীরকখি। শৈরেং অদু মণিপুরীদা হন্দোক্কুনা ফোঙ্খি। তৌবগীদি কবিগী শৈরেং কয়া মদুগী মমাঙ্দসু থেংনখ্রবনি, অদুবু থোইনা থৌশারুদে।

চহী কুনমুক মতুংদা গৌহাটিদা পাঙথোকখিবা 'নোংপোক ভারত সংস্কৃতি সম্মেলন'দা সুভাষ মুখোপাধ্যায়গা উনবগী খুদোং চাবা ফংখি। কবিনা সম্মেলন অদুদা শৈরেং থীবা থোক্লকপদা ভাবোকলোমদগী, থোইদোক্না নহারোলগী মাইকৈদগী লাউনরকখি—ফুল ফুটক না ফুটুক (লৈরাং শাৎলবসু শাৎত্রবসু)। খুদক্তা অদুঙৈগী নুংঙাইজবদো ঐঙোন্দা নৌহৌননা ফংওরকখি। হেন্নমুক নুংঙাইজবনা কবি মশামক্না শৈরেং অদু থীবা তাবা অদুনি।

অদুদগী চহী কয়া হৌখ্রে। ১৯৯৪দা ইম্ফালদা সাহিত্য অকাদেমিনা শীন্দুনা নোংপোক ভারতকী "পোয়েট্স মিট" অমা পাঙথোকখি। লোন কয়ামুক্কী কবি কয়া লাকখি। সুভাষ মুখোপাধ্যায়সু লাকখি অমসুং কবি অতৈগা লোয়ননা মহাকসু মহাক্কী শৈরেং খরা পাথোকখি। ভাবোকশিংগী খুদোং চাননবা মহাক্কী শৈরেংশিংদু মণিপুরীদা হন্দোক্কুনা ঐনা থীজখি, কবিনা থীবগা থংন-থংননা। ভাবোকলোমদগী খুবাক য়াম্না খুনরকখি।

শৈরেং থীবা লোইরগা মরূপ-মপাং খরনা প্রস্তাব তৌরকখি কবিগী শৈরেং খরা খঙ্গৎলগা মণিপুরীদা ফোঙ্ননবা। কবিনা মশানা পামজবা শৈরেং খরা য়াওনা শৈরেংশিংদো ঐবু খলহন্নীংখি। ঐসু মদুমক পামজবনি। অদুবু মদুমক্তি ওইবা য়াখিদ্রে। সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙ্বা তারবদি মখোয়গী নিয়ম ইনবা তাই। কবিগী শৈরেং নীফূখক সুনীল কান্তি সেন্না খঙ্গৎলগা ইংরাজীদা হন্দোক্কুনা সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙ্খ্রে, Wherever I Go and Other Poems। মণিপুরীদসু শৈরেং নীফূ অদুমক খনবা তাই। শৈরেং নীফূ অদুমক্কি বাংলাদগী অনুবাদ তৌদুনা লাম্থোকচরিবসে।

মথক্তসু পঞ্জখ্রে, হৌজিক হৌজিকমক বাংলা সাহিত্যগী জগৎতা মকোক ফল্লিবা কবিশিংগী মরক্তা সুভাষ মুখোপাধ্যায় অমনি। মশাগী চহী কুনমাথোই ফারকপগী অদুরাইদা, ১৯৪০দা কবিগী অহানবা শৈরেংগী লাইরিক "পদাতিক" (খোঙ্মী-লান্মী) ফোঙলকপদা ব্রা ব্রা লাউনরকখি। মতম অদুগী ফাওগৎলক্লিবা কবি-সমালোচক বুদ্ধদেব বসুনা ইখি—

> চহী তরা মমাঙ্দা বাংলাগী খ্বাইদগী নহা ওইবা কবি অসি ঐনা ওইরম্মী। অদুবু 'উর্বশী অমসুং আর্টেমিস' ফোঙলকপদগীদি মদুগী সম্মান অদু বিষ্ণু দে-না ফংখি, সমর সেন্না মাগী 'কবিতা খরা' পায়দুনা

চোংথোরক্রি' ফাওবা। হন্দক অমুক য়ান্না কম্নক্লীংঙাই ওইবা আসন
অসি সমর সেনদগী নাম্থোকখ্রে, বাংলাগী হৌজিক খ্বাইদগী নহা ওইরিবা
কবিদি সুভাষ মুখোপাধ্যায়নি।

বুদ্ধদেব বসুনা মসিমসু হায়খি, নুংশি-নুংওনগী কবিতা ইদুনা শৈরেংগী পুন্সি হৌদবা অহানবা বাঙ্গালী কবি অসি সুভাষনা ওইরম্বা য়াই। প্রকৃতিগী মরমদা ফাওবা মহাক কবিতা ইরক্তে...।

'পদাতিক'-তগী হৌদুনা কবিনা চৎলক্লিবা খোঙচৎ অসি শাংলবা খোঙচৎনি। চোকথরবসু কবি পোখাবদি তৌদ্রি, হৌজিকসু কন্না চৎলি। মার্ক্সবাদকী ফীরাল মখাদা নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা লৌমী-শিন্মীগী আন্দোলনদা হকথেংননা য়াওদুনা সুভাষ সহর কয়াদা খুঙ্গং কয়াদা কোয়চৎ চৎলকখি, করিগুম্বদা ফোংনা, অয়াম্বা মতমদনা লোন্না। জেলদা চহী অনীরোম হেন্না লৈবগী অব্বা-নুংঙাই কয়াসু থেংনখি। ময়াম অসিগী মমি কবিগী শৈরেংদা তাবা মহৌশানি। অদুবু রাজনীতিগী শাফুনা শৈরেংগী মশক-মগুণ মাঙহনবদি ঙমখিদে।

চহী খরগী মমাঙদা সাহিত্যগী লমদমদা ভারতকী খ্বাইদগী চাউরবা মনা 'জ্ঞানপীঠ' কবিদা পীদুনা ইকায় খুম্নখি। মসিগী মমাঙ্দা সাহিত্য অকাদেমি অমসুং অতৈ মনা কয়াসু কবিনা ফংখি।

সুভাষ মুখোপাধ্যায়গী শৈরেংগী থোইদোকপদি ৱাহৈ-ৱাতা ইচম-চম্বা, ফোঙদোরকপদসু ইচম-চম্বা, কোইদবা অসিনি—শন্না হায়রবদা তপ্না চেনবা তুরেলগী অরূবা ঈশিং ইচেলনি।

মশাতগী শৈরেং ইরগা পেঞ্জবা হৈতবা কবিনি সুভাষ মুখোপাধ্যায়। অদুনা মশাগী ৱাখল-মিৎয়েংগা মান্নবা কবি কয়াগী শৈরেং মহাক্না বাংলাদা হন্দোকখি। মতম অমদা থোইদোক হেন্দোক্না কবি অনী বাংলাদা মহাক্না শক তাকখি, অনীদুগী মনুংদা অমনা তুর্কী-কবি নাজিম হিক্মত্নি, অদুগা অমনা চিলিগী কবি পাব্লো নেরুদানি। অদুনা কবি অনীসিগী মমি সুভাষ মুখোপাধ্যায়দা খরদি তাদবা নত্তে হায়না হায়নবসু য়াওদবা নত্তে।

অনুবাদ হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে, থোইদোক্না কবিতাগী অনুবাদ। শৈরেং অমদা চেল্লিবা নুংগী ঈচেল, শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, চাংদম্নরিবা শক্তম, খোঞ্জেলগী সুর—অসিনচিংবা অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোরকপদা খরদি অদুম হান্নগী চাং অদুদগী হন্থবা মশানা তাবনি। চাং অসি য়ারিমথৈ হন্থদনবা হোৎনবসিনি অনুবাদক অমনা হোৎনবা তাবসি। মসি অরায়বা থবক্তি নত্তে।

বাংলাগী হৌজিক হৌজিক হিংলিবা অথোইবা কবি অমবু মশক তাক্লবা হোৎনবদা কদায় ফাওবা মহৈ য়ানবা ঙম্লবা হায়বদুগী বিচারদি অপাবশিংগী মখুত্তা শিন্নজরে।

ইম্ফাল
২৫/১২/৯৫

কুঞ্জমোহন সিংহ

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

# মে নুমিৎকী শৈরোল

নুংশিবা, লৈরাংগা মখে লাংবা নুমিৎ নত্তে ঙসিদি
পুংতুম তুন্না মাঙহন্-তাকহন্‌বগনি থেংনরিবসে ঐখোয়,
শামখ্রে মমি মিৎয়েংদগী শংবানবা য়ু মঙ্‌লানগী
মৈ হৌরবা কোরৌ-মৈশাদা চাকথেক্লে উনশা।

চিমনি মতোন্দগী তাওনে সাইরেনগী মোইবুংখোন
শক্লিবসে অনৌবা শৈরোল নূংথংগা থাঙ্গোলগনা,
খমখ্রবসু মিৎকৃপ খুদিং 'শীংনাইদ্র পুন্সি কয়া
পুন্সিনা পুন্সিবুদি নুংশিরি অদুম।

তম্লুসি নুংশি খুদোল তোল্ল-তার'শিংদা,
অরোইবা খুৎলাইগী ৱাশক ক্রক্ ক্রক্ চিক্;
মাঙখ্রনি অফা-অপুন মিৎকপ থোরকপগী তাম্থাদা
ছন্দোরক্লনি কোরৌ মঙাল নোংপোক চীংখৈদা তরং তরং।

কুমজা কয়া নৈহৎ-তুহৎপিরবা অৱা-অনাগী নাহেখোল
নুংশাসোর খুদিংনা পুরক্লি ইকায়নীংঙাই কয়া;
শিবা কিদুনা মীকিথী ওইদুনা লৈরনুসি অমুক—
শেৎলো শেৎলো লানগী ফিজোল শেৎলো শেৎলো।

নুংশিবা, লৈরাংগা মখে লাংবা নুমিৎ নত্রে ঙসিদি
লাক্লে কোলোয় পাউজেল পুংতাক তাকহন্‌বগী,
অমম্বা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা লম্বী লম্মুক্লরবসু
থিগনি শোয়দনা ফংননবা মথোৎ কারক্লিবা থৱায়না॥

## মফম অসিদা

ৱাউথাংনরবা সহরগী পুন্সি
লংশেক্লন্নগা
খ্বাইদগী য়াঙ্বা ট্রেনদা
লাকপনি মফম অসিদা।
—আসানসোলদা।

মফম অসিদা অতিয়ানা
ঙাথররি লোইবী চীংগী নাপোমদা
লোইবী চীংগী চীংথক্তা চিমনি মতোন
পরেং পরেং।
য়াহীপ্পি লৌবুকশিংনা থংননা
অকোয়বদা—
মনা থাঙ্গৎতুনা তারিমাল্লে
থাঙ্গোলনা ময়া থাংবা
য়োৎশাফমদা?

ইপোম নাইরবা লৈমায়না শন্দোকখ্রি
মপান নাইদ্রবা লম্মাংদা
নাপীনা নেম্-নেম্ নেম্-নেম্, মতোন্দা
লংলি লিক্লানা তনিক তনিক।
ওয়দসু য়েত্তসু লৈঙোইগী লমদম
ময়ায়দনা তুরেলগী ঈচেল
নুংশাসোর থবেৎ থবেৎ
থল্লম্মী লৈই পিক্তক্লা
খোঙথাং খুদিংগী।

চীক্লবা লম্মাংদা, খঙহৌদনা
করিগুম্বদসু তারাগী শম্বল
তাংজ-লিন্গী শাথেক্তা চৎলি রেল-লম্বী
লিরুং থেক্কুম থেক
লৈবাক লান্না।

অয়ুক-নুংথিলগী মথৌদাং লোইরদুনা
কোরৌহনবা মহাকসু
পাক-চাউরবা মশা-মরেং ফন্দোক্তুনা
কূমথরকই অমুবা চীংগী চীংদোন্দগী
চোকথরবা মিৎফমগা লোয়ননা।

য়ু য়োনফম হাংলি, লম্বীদা
মীগী মী ভাক্তা।
নুপাসু নুপীসু নিশা পাল্লবা ময়াম
লাঙ্লি য়ুগী চফূ মাঙ্দা।
খাংঙমদ্রবা নিশানা মুনবিথ্রবনি
মখোয় খরগীদি পাই নাতৎপী ফাও'।
অদুঙৈগী কাউথ্রবা খুঙ্গং,
থায়নগী ইংখোল
ফাওগৎলকই নীংশিং-ফীজংদা।

লাপ্না হৌরি চীংশু পাম্বী অমা
লৌবুক্তা মনাক্তা থেংলরি।
থোইদোকপা করিসুবুদি নত্তে, অদুবু
শাগৎলি মঙ্লান কয়াতা নুংশিনা
সহরগী ইরানয়াই থাদোক্লল্লগা
খল্লকই মফম অসিদা,
সিনেমা মমিগী কোনুংদনা
থোইনা হেন্না ফরম্মী॥

লৈথোক্কুনা লৈরনু

৬

শাফু কন্না য়েররি নঙ্গন্দা নুংশিৎনা
অতিয়ানা পুরক্লি অখাক-অরাও
ঈংনা তপ্পা পানবদি কুইরে লোইখিবা—
না'সিসু খরদি হেন্না তাথীরে!
সহরদা খুঙ্গংদা অনকপদা অরাপ্পদা
তারি শৈশক কয়াদা—
ফংজরে মদুগী রস খরতংবুদি
ময়েক শেংফাত্তবসু খরদি য়াওরি :
ঐ ইতোমতা নত্তে, ময়াম পূল্লবনি
ফূগাইরনি ঙসিদি।
নীংতম লান্মী লৌমী শিন্মী—
মাঙ্দা ঐখোয়গী অনৌবা আশা।

চৎসি লাউ কবি,
যাওরুসি লাউ মীয়ামগী খোঙচৎতা—
সাধু চেঙ্জংবশিংগী সঙ্গ
ওম্থরকপদা লৈখা য়ৌগনি
লৈঙোইগী লানবন্নি শারিসে মখোয়না।

ঐখোয়না পীরুসি লোন-থোক্তবদা লোন
মখোঙ থাংবা ঙমজদবশিংদা খোঙথাংগী তাম্থা
থম্মোয়নুং কয়াদা তৃংদুনা লৈরি
হন্বা লৈত্রবা থৌনা কয়া, লৈরি
লোক্তুনা লৈনম্না পোম্লিবা লৈরাংদা।

মিৎ-না তাঙ্গদবা নত্তে ঐখোয়
অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অসিদা॥

## স্বাগতম্

হোংম্নে খুঙ্গং সহরদা—
হাঙ্লে য়ুম, হাঙ্লে শঙ্গোন,
লৌ-লিংলবা লৌবুক লৈহৌরে তাদুনা।
ধূপ-থাউমৈ থানবিদ্রবা কংলবা তুলসীবোং
অমম্বগী ফীজং হাইথরক্রে,
নাপী-শীংবীনা থনখ্রে শূমাং।
হনখ্রে কোরৌহনবা ঙসাইনা মরানয়াই।

উখিদ্রে শঞ্জেন্নহা—
কাওরেন শঙ্গুনা হৌহনখিদ্রে উফুন কদায়দসু;
দেঙ্গী মখোল তাখিদ্রে,
উখিদ্রে হিদেন্দা পুন-পুবী কনাসু।
নাপী-শীংবীনা কূপশিনখ্রে লম্বী,
মোইবুং খোংদ্রসু সন্ধ্যা য়াচংলকই,
চঙ্খ্রে কোরৌহনবসু মরানয়াই।

ফিশাবীনা ফি শাখিদ্রে,
থাউ-শুংফমদা থাউ শুংখিদ্রে,
থোঙ লোনশিল্লম্লে ময়ুম চফূশাবা
লোনশিল্লম্লগা থোঙ দকানগী
মাঙখ্রে কদায়দনো দুকানমপূ,
য়োম্থোকখ্রগা নূংথং কৈথেলদা
উৎ-বাই ঙাক্তা তাদুনা লৈরি—
য়োংশাফমগী লৈরং।
য়োংশাবনা চৎখিবা লম্বীদুবু
খঙহৌবা উহৌবা য়াওবরা নখোয়বু?

নিংথমগী শহুম য়ৌরকই;
হৌগৎপিদে মৈ লাইশঙ-মাঙোপ মচীদা।
লান্নদে হিদাক কোয়না ফমিন্নদুনা
মরৈ য়েৎনখিদ্রে অহন-লমনশিং।
থেঙ্লবা অহিঙদা খোংদ্রে তাউবা হূই
চিংনবা খোঞ্জেল তারগা,

অরাগ্নদা হৌরিবা লাইওইরবা থোংনাং
মখুৎ-মশা হাই-হল্লকই,
লৌবুক্তা সনাগী ফৌ
শারেপ ফারকই চরোং চরোং।
মিৎয়েংদা ফোঙদোক্লি খৌরাংনা ঙাইবগী
মঙলান্না থীম্নে থোঙ্জিন্দা।
বা বা লাউনরকই সহর অমদগী অমদা
লম্বী মপান্দা লৈবা মোংফমদা
তায় শিরুম নারুল্লবা মীয়াম শঙ্গুনা;
লৌবুক্কী ফৌনানা থীরি কোরৌ মশীং।

বাশক-চেৎলবা মখুৎনা
মথং মথং মখোয় লোইনমক
মিৎলুগী অবা-পিরাং তৈথোক্লগা খল্লি—
য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা য়েনগনি চনৌ।

লম্বী-লমখাংদা খোঙথাং মখোল তারকই,
অতিয়াদা থোরকই থবান্মিচাক,
তুরেলনা তরান্না কৌরকই,
চেক্লানা শৈরোল শক্লকই—
লৌবুক্কী লাইরেম্বীনা ঙক্লুনা য়েংই
য়েংলু য়েংলুবদা ফৌগী ফৌ ঙাক্তা॥

## মায়থোং অমা

মীয়ামগী খোঙচৎতা উখি মায়থোং অমা,
মাগী খুত্তুম তাবা য়োৎমুক কন্‌বা মখুৎনা
অতিয়ারোমদা থাঙ্গৎলম্মি;
মাগী ইফা-ফাবা কোক্কী শমদোন খরনা
খাম্বী মৈরীদৌনা হাই-হন্নম্মি নুংশিৎতা।
লম্পাক্তা মীয়াম মরক্তা তিনগ্রবসু
ঈথক হৌরবা মীয়াম-সমুদ্রগী কোঙ্গোন মতোন্দা
ফোস্‌ফোরসকুম ইঙান্‌-ইঙান্‌ ঙাল্লম্মি
মীয়াম-খোঙচৎকী মায়থোং অদো।

সভা লোইশিনখি, মীয়াম মচোই মচোই কায়নখি
লৈমায়রোমদা হাইথরক্লবা খুৎ ময়ামগী উমংদা
চৎনা চৎনা মাঙখি
মীয়াম খোঙচৎকী মায়থোং অদো।
হৌজিকসু অয়ুক-নুংথিল কোয়চৎ চৎলি ঐহাক
মীয়াম তিনবা উরগা লেপ্লি,
করিগুম্বা য়াওরম্বা থোক্লবদি মায়থোং অদো।

কনাগুম্বনা খোয়দাজে নাতোন-তুম্বীদা
ঙাওজে কনানা শজী-মিত্তাদা
অদুবু হাইথৈ মখোয়গী মখুৎতি লৈমায়রোমদা
নোংলৈ-নুংশিৎকী সমুদ্র ঈমায়দা ঙাম্থোরক্কে
মখোয়গী মায়থোং ফোস্‌ফোরস্‌কুম।
তেকখৎহল্লি ঐহাকপু সমুদ্রগী মঙলান অমনা
মীয়াম-খোঙচৎকী মায়থোং অমনা।

মায়থোং অতৈনা মমল য়াল্লবা অকে-অমৌ পোৎশক্লা
মোৎলবা থীরবা মশক কৃপশিন্নবা লাক্লে
পুন্নবা অশিবা হকচাংগী নমথীরবা মনম হাৎননবা
মনম নুংশিবা থাউ হৈজিল্লি,
মতাং অসিদনি চাংদম লৈত্রবা মায়থোং অদুনা
শত্তোরক্লিবা থাঙশাংদৌনা লংত্রিক লংথোরকপা
অদুগা ঐবু য়াকাইহল্লিবা।

অদুনা অমম্বদা খুৎ অমদগী খুৎ অমদা
য়ৌহনখি ঐনা অথিংবা লিফ্লেট অমা,
কৌরি মীয়ামবু
মল্লবা কীষ্থরবা ফূরা অসি থুগায়রসি
মদুদগীদি ঈথক হৌরবা মীয়াম খোঙচৎতগী
চোংথোরক্কনি মায়থোং অমা,
অদুদগী মালেম পূম্বগী য়োৎহ্লিং থদৎলগা
নুংশিনবা থম্মোয় অনীগী থোং-লম্বীদা
ঙমগনি লাম্থোক-লানশিন তৌবা॥

## ঐ লাক্লনি

অতিয়াদা য়েংখৎলুই
নঙ্গী মায়থোং
মিৎ উইশিল্লি নঙ্গী মায়থোং
অখাক-অরাও নম্মাৎতুনা নঙ্না ঐবু কৌরি।

অহিঙ-নুংথিলবু মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা
মিরবা খোঞ্জেলদা
কপ্লিবশিং অসিবু কনানো
শিবগী মিপাইবদা পুম্বিবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা
হেদৌ-নাহেরিবশিং অসিবু কনানো
অদুননি
অখাক-অরাওবু নম্মাৎতুনা নঙনা ঐবু কৌরিবা।

ঐ লাক্লনি—
ইখুৎ অনীনা অমম্বা হাইদোক হাইদোক্তুনা ঐ লাক্লনি।
সঙ্গীন থাঙ্গৎলক্লিবসি কনানো? থাংদখো।
অথিংবগী পন শারিবসি কনানো? থুগায়খো।
পৃথিবী শীন্‌বা থুংনা পুরক্কনি ঐনা
লাকঙমদ্রবা ফাঙমদ্রবা অদুগুম্বা শান্তি॥

## সালেমনগী মমা

বাবরালি অঙাওবগী মমিৎ মানবা অতিয়া।
অতিয়া'সিগী মখাদা স্টেশন মঙা লান্দুনা
চৎলি মীয়ামগী খোঙ্‌চৎ
খোঙচৎকী মমৈদা হন্না হন্না তাহৌরি
বাবরালিগী মচানুপী সালেমন
কোয়থি থিঁজে মমাবু।

কলকতা সহর অসিগী
চম্মন্নরবা লৈরক-কোম্পাং মরক্তা
কদায়দনো লোক্তুনা লৈরিবা নঙবু,
সালেমনগী মমা?

বাবরালিগী মমিৎকুম ইচোই চোইবা
অতিয়া'সিগী মখাদা কদায়দনো
নয়ুম পান্দুনা লৈরিবা, কদায়দনোনে
সালেমনগী মমা?

মীয়াম-খোঙচৎকী খোল্লাউগা খোল্লাউ মান্নলা
মনীংদা শোথহৌরবী নমোম্না
মিৎলু লাইজ ঈহৌনা
কৌরিসে নঙবু তাওনে,
সালেমনগী মমা—

অদুঙৈ চাক-তাঙ্‌বা কুমদা পোকখিবী নমোম্নি
ঙসি চাক-তাঙ্‌বা অমমুক মায়োক্না
থিরিবসে মানা নঙ্‌বুনিনে॥

## নঙ্না ফজবা মতম

খংশিং শিংলকপা মালংগী ইপোমদা
নঙগী ফিজীনা মনীং তম্না পাইবদো

মতম অদুদসু নত্তে

নুংথিলগী চায়থরক্লবা নুংশাদা
হুমাং মরিক মরিক্লা নঙগী মায়থোং
লংত্রিক লংত্রিক লংবদো তম্ফাগুম

মতম অদুদসু নত্তে

করিনো বাহৈ অমদা ঐগী
অতিয়া পূমঙান ঙাল্হন্না
নোকপদো নঙ্না

মতম অদুদসু নত্তে

সাইরেন খোংলকপগা
মকোক্তা মোৎলবা কোকশেৎ শেৎপা শিম্মীগী সমুদ্র অমনা
লিফ্লেট অমগী দমক্তা
থিন্দোরকপা মখুৎ ময়ামগী ইপোম্না
নঙবু খনজিনখিবদো

নঙবু সুকউ উখিদ্রবা মতম অদো—

মতম অদুদনি

অঙকপা ফংনা
নঙনা ফজবদো॥

## চৎকনি ঐখোয়

তোতিগী কোঞ্জিনদা তোপ্ তোপ্
তোপ্ তোপ্।

হৌজিকমক
কোল্লিক-চাম্বা ঈশিংদা
মশাগী মায়থোং উরগনি
মৈখুনা মল্লবা অয়ুক অমসু।

অদু ফাওবতংদি নূং-চনবা অমম্বদো
শিজসনু মকোক শুজিন্দুনা চেকপলদা
অদুগা তাসি ঐখোয় তোতি কোঞ্জিনদা—
মমিৎ তরাউ তরাউবা অতিয়া মখাদা
নূংজেং মরক্তা ফন্ ফন্ চোং
লারু-ফানা ঙমদ্রবা লম্মুক্লরবা
তুরেল অমগী ঈরাওখোল।

অদুদগী কেরৌ নোংজা চূপ্পা
চংচসনু লম্বীদা মীয়াম পরেং পরেং।
মফম অসিদনি বন্দেমাতরম্ লাউরগা
মথরায় কৎখিবদো মীয়াম্না
মখুৎ ককখ্রবা মখোয় অদু
চৎচসনু মফম অসিদা উগী মখোঙনা।

তোতি কোঞ্জিনদা তোপ্ তোপ্
তোপ্ তোপ্
ঐখোয়না হায়খি চৎকনি
সমুদ্র পাংনা।
তুরেলনা হায়খি চৎকনি
সমুদ্র পাংনা।
ঐখোয়না হায়খি চৎকনি
সমুদ্র পাংনা।
ঐখোয় চৎকনি॥

## অঙাং অমগমুক

মখোঙ নামদা লেপ্লগা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা
জটা তারবা পামেল উজাউ অমা
মমায় লূকথদুনা য়েংই,
য়েংবা খুদিংগী ঙকই—

শাগন্দা মচা য়েপশিল্লগা
যূমথোং অমদগী অমদা
কোল্লিক ফেঙ্লগা
ন্যিদাং উপাল মখোঙ্দা
ফক 'মচ' অমা থারগা লেনজবী
মপ কোইবনা হন্না য়েংবিদ্রবী
এদিবগী লাই ফাওবনা লৌশিন্নীংদ্রবী—

ওহ্লোকপনিদকো সত্য!
অমুক্কা অঙাং উন্নদৌরমাল্লে।

তোতিগী ঈশিংদা
ইকায়বদু কূপশিঞ্জনবা
মখোঙ কাফে কাফে থাংদুনা
মমাদা লানশিল্লি শেগায়রবা শাড়িদু
ইকায়বা খঙলবনিকো পিকখ্রবা থব্রায় অসিসু—
খরনি মমাঙ্ফাও' নত্রনে
নূং মরক অসিদা শন শাদুনা চৎলমবদো।

অদুনদি—

অদুনদি
        মালেম'সিদা
            মিৎ অনীগ'মুক
মকোক  অমগ'মুক ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা
উচেক মচাগুম মখুৎ অনী ওয়-য়েৎ
                হাইর-হাইরদুনা
লৈমায়'সিদা কাফে কাফে চৎলদৌরবা।

মখোঙ নামদা
মপুল্লি চূপ্পা মফম অমত্তদা লেপতুনা লৈরিবা
জটা-তারবা পাম্বোম বাংনা থাঙ্গৎপা
পামেল উজাউ অদো
মখারোমদা নোম্বদুনা য়েংই,
য়েংল-য়েংলগা হেন্না হেন্নদুম ঙকই॥

# লৈরাং শাৎলবসু শাৎত্রবসু

লৈরাং শাৎলবসু শাৎত্রবসু
ঙসি বসন্তনি।

নুং-চনবা ফুটপাথতা
নুংদা মখোঙ লূপশিল্লগা শিক্কংনরবা উপাল অমা
থোৎ থোৎ নৌনা চোংখৎলক্লিবা মনাদা থবাক চেকখায়না
নোক্লি।

লৈরাং শাৎলবসু শাৎত্রবসু
ঙসি বসন্তনি।

মঙালগী মায়থোঙদা অমুবা মায়খুম উপশিনবিরগা
মদুদগী অমুক লৌথোকপিদুনা
অমং-য়াইথোংগী মতম্বাক্তা তাইবংমীবু শুম্বিরল্লগা
মদুদগী অমুক হৌদোকপিরল্লগা
লম্বীদা চৎপ্রবা কোরৌ-নোংজা খিবিক অদো
ওইরসনু অমুক হল্লক্তবা।

য়াই-তৈরবা নুংথিলদা
পৈশা অমনীতং ফংজরগা
কোয়লাং লাঙ্জবা অঙাংদো
কোকিল খোংল-খোংলদুনা চৎপদো
—পুবিগ্রে মাবু কৌদুনা কোরৌ-নোংজাশিংদুনা।

মুক অঙাংবনা নম্বা য়াই মচুগী চিঠি মানবা
অতিয়া'সিবু কোকথক্তা হাপতুনা
লৈরক'সিগী মুশিনমুবী শকথীবী লৈশাবী শরী অমা
রেলিংদা মথবাক চেজেৎ কোনশিল্লগা
ময়াম অসি তরেৎ-তরা খল্লম্মী।

তাঞ্জা হেক অদুমক্তদা
ইকায়-ইকি খঙদনা পাইরক্নুনা তোংলৈ হকচাংদা
আঃ শিনীংঙেদা! মায়থাবা লক্ষ্মী-চেন্দবা কুরাক'সিদি।

অদুদগী গম্ লাউনা থোঙ লোনশিনখিবগী মখোল।

অমম্ব'দুদা মচীন খুম্রদুনা
থৌরী-তারবা উপাল অদো
নোক্লি অদু ফাওবদা॥

## কোরৌ নোংজা অমগমুক

লৈখোম লৈনাং মরক্তা চৎখৈ চৎলম্লগা
ফেরে ফেরে হাইবা ৱাগী উরোকথোংদু লান্দুনা
চৎখ্রি হৌজিক্তা
কোরৌ নোংজা অমগমুক।

কোকথক্তা থোরকই
জিংঘগী মখোল
মরক মরক্তা খংপ্রেক খংপ্রেক।
সজনা পাম্বীগী মশাদা য়ান্দুনা হাইরি হুন্নি
হৌজিকসু নোংলিক
চাউর-চাউরবা।

কুমশিদি অকুৎপদা ফৌ ফগদৌরি—

ঙাঙ্‌ল-ঙাঙ্‌লদুনা ঈরুজরগা পুখ্রিদা
ইমুংসিগী মৌ-অহন চঙলকই পোদোন পায়দুনা
শূমাং পূম্বা শিন-থুংনা
অমম্বদো জগোই শাহন-শাহন্দুনা॥

# হৌজিক্কী রাখল

১
হৌজিকসে খরদি চেকশিন্না লৈগদবনি
মতম অসে শাথীনা হায়ন-তান্ন য়াদ্রবনি;
চেকশিন্নু,
ঐখোয়না থৌশাহৌদবদগী
হায়ন-তানবা য়াদ্রবা কোরৌ-নোংজাশিংসে
থরো থরো ওন্দুনা
        থরো থরো ওন্দুনা
                খাম্বী মৈরক্তা তাখিগনি।

ঐগী থম্মোয়নুংগী অপাম্-নুংশি কয়া
মখোয়দুগীনি ঐনা খল্লিবসে।
চহী মতাং অসিদি, অরাম্নগীনা
ময়েক শেংনা উবা—
অনকপগীনা মশেন-মরাং ঙাক্তা উবা মতমনি।

চহী মতাং অসিদি,
করিগুম্বদা খঙ্‌হৌদনা লৈবাক্তা তুশিনবা মতমদা
তুনা তুনা খল্লকপা মতমনি
খুৎতা চৈশু অকনবা অমতং পায়রম্নবদিকো ফগদবনি।

২
তুংলোমদা য়েংথোকখিবদা ঙসিসু উরি—
নোংশানা অমুবা মশোং ফন্দোকপগুম
সমুদ্রগী ঈরাওখোল;
ফক্লাংদা গুলিগী দাগফম
কায়রবা শ্লেট, শেগায়রবা খোঙ্উপ
        লম্বীদা ইকোয় কোয়শিন,
খোঙ্‌না নেৎল-নেৎল কোয়চাই চাইরবা ঈ।
নীংতম ঈথৌরাংবগী মচু-মমেন মরুমদা
পুন্সিনা কখোক্লুই মথোৎ কারকপা মতাং।

হায়রিব'সিমুক লাপ্না,
কয়াম লাপ্নো চপ চাবদি খঙদে,
ঙসিসু উরি—
সনানা ফ্দোংবা মতমদো
লাক্লি মখুৎতা লক্ষ্মীগী লুবাক পায়দুনা।
শক্লরি ঈশৈ
ঐবু ঙাইখো হায়ররি।

ফৌ চরোং চরোংগী মরক্তা লেপতুনা
মাগী কম্লবা পাম্বোম অনী ঐ উরি—
অরোইবা ওইনা ঐনা
লৈমায়থক্তা হাইথদ্রিঙৈ
ঐগী অপাম-নুংশি খিবিক অসে
তেক্ত-কায়দা মাগী মখুত্তা
শিন্নরম্বনি ঐনা পামজবদি॥

## কোয়ইন কোয়ইন ইন্নবা

নুমিৎ চুপ্পা
ইতুংদা মানা কোয়ইন কোয়ইন
        নুমিৎ চুপ্পা
        কোয়ইন কোয়ইন
উরু-রু লৈশিন্দুনা।

মঙোন্দা হায়বনি :
নঙগীদমক্তা কাইথোক্লবা মতম ঐগী লৈতে
হে নুংশুক-নুংজানবা, নঙ চৎখ্রো
হৌজিক ঐঙোন্দা মতম লৈতে
নঙ চৎখ্রো।

উপাল মখোঙ্দা মনঙ্গন-মবুক তাশিন্দুনা
যৌবনদা খোঙদারকপতা ঙায়রিবা
মফি-মরোল য়াওদবা মীশি-মীনা অমা
ঐ হৌজিক্তা উরগা লাক্লিবনি :

মালেম-পৃথ্বী'সিদা ঙুং ঙুং ঙংলদুনা
কোয়চৎ চৎলিবা ময়া ইহি-হিগৎপা অকিবদো
মউন খোক্‌তোক্কে হায়রিবনি
ঐহাক।

য়েংঙু নঙসু, হে নুংশুক-নুংজানবা—
নুংঙাইবগী মায়থোং অদু হাইফেত্তং ওইরসু
উজাগে হায়দুনা ঐখোয়দা য়েংদুনা লৈরিসে
মশম-মনা পূমঙৌ ঙৌখ্রবী আহম্মদ-মমাসে।

হে নুংশুক-নুংজানবা,
চৎখ্রো নঙ ইনাকসিদগী
ঈশিং মরক্তা লৈখোম-লৈনাংদা
ঐ লৌ লিংলুদৌ-বনি।

হে নুংশুক-নুংজানবা,
চৎখ্রোবা কৈদৌগে ইনাকসিদগী
লৌবুক্তা ঐ হাবেংলুগদৌরিবনি।

চৎখিদে, অদু ফাও'
চৎকে থনখিদে নুংশুক-নুংজানবদো।
নুমিৎ চুপ্পা কোয়ইন কোয়ইন
নুমিৎ চুপ্পা
কোয়ইন কোয়ইন
উরু-রু অদুম।

ঐ ঈ কারকই তৌনি তৌরোই খঙলক্তে
ঐগী অরা-নুংঙাইতবশিংদো তাপ্ তাপ্ পায়রগা
মঙোন্দা থাজিল্লি।
হায় : য়ান্নিমচা! নঙসিতবু
যোম্না লৌশিনবিখ্রদিকো!

অদুদগী করম্বা মতমদা
থবক ময়াম মরক্তা ঐ লূপখিবনো খঙদ্রৌদে
য়েংথোকখিবদা উই—
লাপ্পা ফমদুনা নুংশুক-নুংজানবদো
ঐবু পৃমকাউ কাউথোক্কুনা
ঐগী থুংঙমদ্রবা অপাম্বশিংদুগা লোয়ননা শান্নরি।

নোক্ল-নোক্লদুনা ঐনা মাবু
লাক্লফান-ঙমদ্রবা অঙাংগুম
কোনশিনবি তম্পাক্তা॥

য়াচংবা

নোংচুপ অতিয়াদা ঈগী গঙ্গা চেল্‌হল্লগা
হিংচা-য়াইতম্বা ডাকুগী মতৌগুম
লম্বী-চৎপা মীয়ামদা ঙংশং ঙাঙ্‌না
মমিৎ শংদোক্লগা
মরানয়াইদা হঞ্জিনখ্রে

কোয়ৌহনবা।

মদুদগী ফনা কুইরবা মতুংদা
থৌদোক থোকফমদা থিজিনবা ওইনা
অয়ুক নুংথিলবু নুমিদাং ওইহন্নবা
পুলিশকী গাড়ি অমুবদা
লাকপদৌনা থুংলৈ

সন্ধ্যা য়াচংবা।

মৈ অদু হেক থাঙ্গৎপগা
থোঙনাউ ফাওদুনা
ফন্‌ চোংথোরকখি

অমম্বা।

পর্দা হেক হাইদোকপগা
তথক্রবী শজীগুম
ঐঙোন্দা কোনশিল্লকই

নামিবা॥

## ফনা লাপ্পা চৎলবসু

ঐনা ফনা লাপ্পা চৎলবসু
ঐগী ইতুং অদুম ইম্নকই
ইপোম্না লেংবা লৈরাং পরেং
তুরেল অমগী মমিং—

ঐনা ফনা লাপ্পা চৎলবসু।

ঐগী মিৎপান্দা অদুম মুত্তনা লৈ
ফজনা তৈথোক্লবা শূমাংদা
পরেং পরেং
লক্ষ্মীগী খোঙফম

ঐনা ফনা লাপ্পা চৎলবসু॥

## মহাক্কা হল্লকত্রি'সিবু করিগীনো

নুমিৎ চুপ্পা নুপামচাদু চেন-চোংদুনা শান্নরম্বনি।

লম্বীদা মৈ থানখিবা ফনা কুইরে
হৌজিকফাও'
বাবা হল্লকত্রি'সিবু করিগীনো, ইমা?

হায়রম্বনি
তোলোব লৌরগা ঙস্তা হেক হল্লকনি।
পূজাগী লৈগদবা খোৎকদবা
ঙসি লোইনা লৈশিনসি।

হায়রম্লগা চৎখিবনি।
অদুগা হৌজিক ফাওবা হল্লকত্রি'সিনা!

চফূদা ঙসিদি খাবৈনা
কা হেন্না মরাং হৌরি।
চৌবোন চিথোকপদা
মখোঙস্ পোকখ্রে।

থোঙনাউরোমদা মমায় ওনশিল্লগা
লাইরিক পায়দুনা ফক্‌তা ফমথৈ নুপামচাদু
মাঙ্‌দা হাংলি ইতিহাসকী লামায়—

ঘড়িদা তেক্-তেক্ তেক্-তেক্ মখোল
তোতি কোঞ্জিনদা ঈশিং তারি।
য়ূমলোন্নবগী চেকপল চোংদুনা কূমথরকই
হৌদোং কোইজোম্বা অমা।

মপানা কেথোক্‌হনবদগী লমহেল্লবা অঙাংদৌনা
লাইরিক ময়েকশিংদু পূংচাই চাইখ্রে
হায়বা তাখিদ্রে—
পূজাগী ফূরিৎ-ফিরোল লৈদ্রিমথৈ
হায়ন-তান' য়াবগী ৱা লৈতে।

হৌজিকফাও'
বাবা হন্নকত্রি'সিবু করিগীনো, ইমা?

চাকতি ঙসাইনা লোইরবনি
ঈরুজবসু ফনা কুইরবনি
ফি-লোনবা ফমথৈ মমানা
অদুবু করিগীনো কাখন হেক্তা লাল্লি'সিবু।

কোদ্রোক লাউবা মখোল অমা—
থোঙগী পৌরোন হাংবগী।
কনানো?
ইমা, ঐনি 'বুঙোনি।

লৈরক মচীন্দা লেপ্পুই নুপামচাদো।
রেডিওদা হৌজিক হৌজিক পাউ পারি।
মপানা হৌজিকফাও' হন্নকত্রি'সিবু করিগীনো?

খরদং চৎখৎলগা য়েংলুগে খন্দুনা
লমজাও য়ৌখি নুপামচাদু।
লম্লোংদা মী ময়াম অমা,
গাড়ি অমুবা অমা,
অদুগা বোম্বুলা পংকাপ্তা কাপ্লরি।

করিগী পূজানো ঙসিবু?
য়েংনীংদুনা চঙশিনখি নুপামচাদো।

অদুদগী ফনা থেঙলবা অহিঙদা
কনক্রুক মনম্না হারবা লম্বী লান্দুনা
লৈরক-কোন্দাং কয়া ফাওদুনা
অমং-য়াইথোংগা লেংথৈনদুনা
মপাদু হন্নকই।

অদুবু হন্নকখিদে মচাদি॥

## ইমা পোক্লফম লমদম

পলেম ইমাবু ঐনা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিজ্জৈ
—ইরোন থোক্লা কৈদৌনুং হায়দোকপদি লৈখিদে।
টিফিনগী পৈশা লেমহন্-লেমহন্দুনা
নোং-ফাদোক লৈদুনা পুরকখি কোমলা অম-নী
—হীপ্পা হীপ্পা ইমাগী মিৎলুদা পিরাংনা থুম্নাৎলকখি
ঐনা নুংশিজবগী বাদি
ইমাদা নোংমতা ইচীন-থোক্লা হায়দোকচবা ঙমখিদে।

হে পোক্লফম লমদম, হে পলেম অপোকপী—
করম হায়না নঙোন্দা  হায়সিগে ঐনা।

নঙগী লৈমায়দা নম্নগা ঐনা লেপখৎচরকখিবনি
ঐগী ইখুৎ অনীগী
খুৎশা তরাদা
লৈরি মদুগী নীংশিং মমি।

ঐনা শোক্লু শোক্লু খুদিংদা
নঙনা হেক্তা লৈবিরমই
হে ইমা,
হে পোক্লফম লমদম।
ঐগী থম্মোয়-বীণা
নঙগী নখুৎতদা মরোল থোকই।

হে ইমা,
কিজবা লৈজদে ঐখোয়।
নঙগী লৈমায় তম্না ফুজিল্লক্লিবা
হিংচা-য়াইতম্বা খুবাকশিংসে
মঙক লৈথেক্লনি ঐখোয়না
তাম্থোকখিগনি ঙমখৈ বাংমদা।

পুন্সি অসি পামজবা মওংদা
শেমজরকপনি ঐখোয়না—
শেমজখিগনি অসুম্না ঐখোয়।

হে ইমা,
কিজবা লৈজদে ঐখোয়।
যজ্ঞদা অশোয়-অঙাম থোকখিবগীদমক্তনি
নুংঙাইজদ্রিবা ঐখোয়না।

বাহে থোক্লা ফোঙদোক্ত্রসু
চোকথবা লৈত্রবা ইখুৎসিনা—
হে ইমা,
নঙবু নুংশিজবগী বারীদি লীখিগনি॥

# ঐবু কবি কৌবিগনু

ঐনা পামজবদি ঋাহৈশিংসে
মখোঙনা লেপচবা ঙম্বদুনি।
ঐনা পামজবদি মমিৎ পাঙবা ঙমজবদুনি
মিরুম খুদিংমক্না।
লেঙ্দবা লাইশিংসে মখোঙনা চৎহল্লনবদুনি
ঐনা পামজবদি।

ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা কবি কৌবা
ঐ পামজদে।
লেংগোন্নদুনা ময়ামগা
পুন্সিগী অরোইবা নুমিৎ ফাওবা
ইখোঙ্না অসুম চৎচবা।

ঐগী কলম অসি ঐনা
ট্রেক্টার মনাক্তা থন্নগা হায়জবা ঙম্বা—
পোত্থাজবা ওইজরগে অসিবাইদা
ভাই, মৈদো ঐঙোন্দা খরা পীনবিয়ুবা॥

## মথৌ লৈতবশিংদা

ঐনা হায়রিসিনি, ঐনবু হেক সত্রং শান্নবা ফন্নদি
ইতুংদা য়োমশিন্নক্কদবসি থৌ-লৈতবা লিশিং লক্কানি—
মশা মশানা পায়রম্বা থবক লংথোক্লম্নগা
ঐনা চৎচগদবা পো খুদিংমক
তেনবা মরোল তম্বিবদৌনা তাক্লক্কদৌরিবনি।

কৈদৌসিগে ঐবু খনফম থোক্ত্রে
মসিগী মতুং তাবদদি
ইখুৎ অনী লোন্নদুনা হায়জবা তারবরা মখোয়দা—

লৈবাকমচাশা,
য়েংবিগে হায়রগা তূমিন তূমিন ফমদুনা য়েংবিয়ু
নত্রগনা নথৌ নথৌদা চৎপিখ্রো

ঐনা শান্নজরিবসে, কৈদৌগে
অমুক্তংদি ঐনা থোকপা শান্নজগে॥

## অরিবা মীরোল

অঙাং ময়াম অসে অমুক্তা লাঙ্হন্গনুবা!
অয়ো : নুমিৎ চুপ্পা হকচাংসে পুংতেক তেক্রে!
ঐবু ঙাইহাক্তংদি পোখাগেবা।

কৈদৌরবা? নুংগী অরিবা মূর্তিদুরা?
ওন্থোকপনিদা, কোয়থু-থুগাইদুনা মখোয়না অমত্তা থাকত্রবা।
করম্বা নুংশিৎনোনে শিংলিসিবু!

ঐবু ঙাইহাক্তংদি পোখাগেবা।
অয়ো : নুমিৎ চুপ্পা হকচাংসে পুংতেক তেক্রে!

লৌবুক্তা লৌ লিংঙুরে
পুখ্রিদা ঙা-মচা থাদরে।
নোংজু-নুংশাদা, নোংনিনিতং,
অদুদগীদি ফ্রং ফ্রং চাউখৎলক্কনি—
অদুদগী কৌরুগনি বার্তোন তৌদুনা
হরাও-কুম্মে তৌবা কাঙ্‌বু।

ইস্, নুমিৎ চুপ্পা হকচাংসে পুংচোক চোকথরে!

শান্নপোৎশিংসে মখোয়দা পীবিখ্রো।
মখোয়না লাউবদা নাকোংসে য়েশিল্লে।

পারী ইমোম চাউদ্রিবশা,
ঙাইহাক্তংদি ঈংন-তপ্পা লৈখোবা কৈদৌগে—

নাপীশিংবী লৈবনি, শরোই-ঙারোই থেংননি
অমম্বদা থোকখিনু।

মিৎ অনী অসি উইশিল্লগা
ৱাখল মুন্না অমক্তংদি খন্থসিবা
ময়ুম-মকৈ লৈজদবশিংসিগী
চরা-হেল্লিবা ময়ামসিগী
করি তৌবা ঙমগদবা ঐখোয়না।

নুমিৎ চুপ্পা হকচাং অসি পুংচোক চোকথরে
ঙাইহাক্তংদি পোখাগেবা॥

## অনৌবা মীরোল

১

পম্বৌনা হায়, থোকপু থোক্কে হায়রদি
মতোমতা অদুম থোকচবনি,
মরূ ওইরিবদি
মতম্নি।

পম্বৌনা হায়, খ্বাইদগী  হান্না
খঙবা তাবদি
ঈমায়দা জুবার
করম্বা কান্দা কারকপা
করম্বা কান্দা হম্বুবদুনি।

পম্বৌনা হায়, অসুম হায়না
খাঙবা কন্না চৎপা তাই
লম্বী-লমশাং লোইবা ফাও'
অশিবদু কাল্ল' কাল্ল'
অশিবদু কাল্ল' কাল্ল'।

পম্বৌশিংনা তাকপিরিসিবু অচুম্বা ভাক্ত ওইরব্রা?
অসিমসু ওম্বোক্না অঙকপনি,
লৈথোক্তুনা লৈববু অখাঙ-কনবা হায়নবা।
তোল্লিদকো পম্বৌখোয়
তোল্লিদকো পম্বৌখোয়
তোল্লিদকো পম্বৌখোয়॥

## অহোংবা শক্তম

য়েৎথংবা না অসি তাথীরে
অদুবু ওয়থংবসিদি য়ারি
অদুনা তারি কনানা করি হায়নরিবা
ইনাক্তা অমদি অকোয়বদা—

'তাইবুঙো, ওহ্লোক্লা শাথীনা হোংবিরম্লে
থাজদনা হোংবিরম্লে, করি মতৌনো থাজদনা!
অদুঙৈদি খোঞ্জেলদা নোং খাকপদাইনে
হৌজিক্লা মি মি লাউরবা।

'মনা-মথুম ফংবদগী লৈখা ফজনা তারবা,
করি অমুক হায়গনি—
মতম অমদা য়াওলগী মাঙ্‌জিন থাবিরম্বনি
হৌজিক্লা য়াওলগী মায়োক্তা।

'মৈরিক থাদোকপিরগা লৈরাং থেৎপিরবা
মীয়ামগী খোঙচৎ লংশেকপিরম্লগা
মেলাদা পূক্লিং খোয়দাবিরবা
নুংঙাইবিরো নুংঙাইবিরো মতম লৈরিঙৈ নুংঙাইবিরো।'

ওকচরে তাধনখোয়, থাদোকপিরো ইখোঙসে—
চৎচখরগে ফন্ ফন্ চোং॥

## তৌজশারিসে

১
ঐ অসিবু ফ্রেমদা চনবা ফোটোরনে
নুমিৎ চূপ্পা
মোমোন নোক্তুনা অদুম লৈদৌরিবা!

ঐগী ইচীন'সিদা মাইক্রোফোন পানবরনে
নুমিৎ চূপ্পা
লাউ-খোংদুনা অদুম লৈদৌরিবা!

ইখুত্তা লাইথুং থুংবরনে ঐবু
নুমিৎ চূপ্পা
খূদুম তাশিন্দুনা অদুম লৈদৌরিবা!

২
লোৎশিন্দুনা লুগুন ফূরিৎ মনুংদা
পাম্বোমগী যন্ত্রশিং অদুসু খুমজিন্দুনা
শাগৈ-জাত চাউরবা বামোনমচা অমনা
তাকপিরকই ঐঙোন্দা ময়েক শেংলবা ৱাহৈনা
তাইবংপানসি করম্না ওম্বোকপা য়াগদগে॥

## নোং-ও চুথরো

১

নুমিৎ চুপ্পা মচীন পোমথোক্নুনা লৈরম্বদগী
অতিয়াগী মায়থোং
শক্লোন হোংলকই—

হন্দক্তি
অকনবা বাশক অমগা লোয়ননা
মপূক্লিং লেপ্লবা মাল্লি।

সভাদা আইন্না য়াদবা কাঙলুপ অমগী
খঙহৌদনা চাইথোরকপা
মৈ হৌরবা চেরোলদৌনা

শুন্দ্রংদা
য়াল্ল-য়াল্লদুনা
কূমথরকই

নোং মরিক মরিক।

ঐ ভাব তাবা ঙমদে
থোঙনাউগী গ্রিল বাংমদা
করিবু ওইরিগবা
মখোলসিবু শুৎ-শাৎ শুৎ-শাৎ।
মরক মরক্তা
অঙৈংবা, খংশিৎ শিৎলকপা নুংশিৎ।

করিনো অমা ঙাইবগী মতাগুম
পর্দাসিনা
ঙসাইবাইদগী হৌরদুনা
ইমুংলোমদমুক-মপাল্লোমদমুক ইমুংলোমদমুক মপাল্লোমদমুক
হাইর-হন্ন লৈরক্রি॥

## খজিক্তংদি থৈদোকউ

নুংশাসোরসে ফুনজিল্লক্রে।

ঐবু অমুক্তংদি থোকখিগে
খজিক্তং থৈদোকউ ভাই,
ঐবু অমুক্তংদি থোকখিগে।

থোক্লগা
চৎকদৌরিবনা কদায়দা?

উমং-বামং পূন্নমক লম্মৈ চাক্লি;
অশেংবা নুংশিৎতি শিৎখিদ্রে
কদায়দসু শিৎখিদ্রে
কদায়দসু।

কোকথক্তা থাঙশাং য়ান্দুনা
শুন্দ্রংদা
অহিঙ-নুংথিল নাইদনা
শুন্দ্রংদা
অহিঙ-নুংথিল নাইদনা
প্রলয়না কোয়লৈ-লৈদুনা লৈরি।

অদুগা নুংগী চেকপলদা
নঙ্গনশিংসে
ঈহিং নাইহিং শাহন্দুনা

ঐখোয় মশেনতা অমনা অমবু
অমনা অমবু
খুজিন্না পংখোত্তা খোৎনরি

পংখোত্তা খোৎনরি
পংখোত্তা খোৎনরি
পংখোত্তা খোৎনরি॥

## কৈশুমশঙগী ৱারী

উপাল-ৱাপাল উচেক-ৱায়া লৌবুক-লম্মাং
        ময়াম অসি য়েংল-য়েংলদুনা চৎলম্মি—

খঙহৌদনা তুংলোমদগী
কনানো অমনা কৌরকপগুম তোই
'কোমরেড্! কোমরে-ড্!'

য়েংথোকখিবদা উই খঙ্নবা মায়থোংনি
উখিবগুম তৌই কদায়দনো মিটিংদা নত্রগা মীয়াম-খোঙচত্তা;
মকোয় জৌ জৌ, চপ্পবা খজাই,
কৌনা শেৎপা ফৈজোম, খাকিগী হাফশার্ট।

মনাক্তা নকশিনবগা খঙনীং-নীংশিংলকই—
মতম অমদা ঐখোয় ময়াম
        জেল অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নরম্মী,
মায়থোংদি কাউদ্রি;
নীংশিংবদি থোক্ত্রে মমিং-মথা।
ঐগী লাইবক্তনি,
        নীংশিং-এলবামদা থেৎলিবা ফোটোশিংসে
            লোইনা মমিং-মথা মুৎখ্রে।

ফানশাংদা ফমিন্নে ঐখোয়নী,
        খুদক্তা য়ৌরকই চা অনী—
ফোঙ্ ফোঙ্ শারিবা গ্লাস অনীদু
তেক্লি-তেক্লিবা টেবলদা থম্লগা
হৌদোকই থায়নগী ৱারীশিংদো,
লৈশি-লৈথোন কয়াগা লোয়ননা।
        য়া ক্রক্ ক্রক্ চিক্ ফমদুনা লৈবা
            ফনা তৌদুনসু চাদবা
        সিড়ি পুম্বা 'বেরিকেদ,' ঈশিংনা পুমতাউ লৈমায়দা
        টিয়ার গ্যাসকী দমক্তা, অহিঙ চুপ্পা গুলিনা মরোল মরোল—
        অদুবু কয়াতা নুংঙাইনা, খল্লুনে,
            লেনখিবা পুন্সিগী অদুঙৈগী মতাং।

ৱারী শানা শানা মিৎলুদা পিরাং শিহ্বরকই
খঙহৌদনা ঐখোয় অনীমক্কী।
মায়থোংশিংদো ফাওগৎলকই, নীংশিংলকই
প্রভাত-মুকুল-সুমথ মখোয় ময়াম।

অদুদগী মখা তাথরকই
হৌজিক হৌজিক্কী ৱারী।
কনানা কদায়দা লৈগ্রবা,
কনানা করি তৌরিবা—অসিনচিংবা।
অকিবা অমা ফাওরকই
লৌনগনবা লায়নাগুম।

ঐখোয় অনীমক তৃমিন তৃমিন,
অমসু অমসু ৱা ঙাঙ্নদে।

কনানা ঙসি কদায়দা লৈরিবা
করম্বা মাইকৈদা—হেক হৌদোকপগা,
চাউরবা ঈথক-ইপোম অমা
পাইশিল্লক্তুনা
ঐখোয় অনীমক মখুৎনা তাপ্ পায়খৎলগা
হাইহৎলি তমথীনা।

চেকপন্না কোয়খা খাজিনবা
য়োৎকী পৌরোল পায়দুনা
লেপ্লি অমম্বনা মপান্দা।
উরকই, থংনবা সেলদা ঐখোয় হান্নগী মতৌগুম অমুক।

ইশাগী লাংদা ওইরবা বন্দী;
ইশানা শাজবা কৈশুমশঙদা॥

## ইচাদো বোনদা চৎখ্রে

লাইবক্তা হুমাং মরিক্লা লংত্রিক লংত্রিক।
চপ্ লেপখ্রে মতম
কোকথক্তা তারা তৎলবা
খোঙজেল লেপখ্রবা ট্রামগী মতৌগুম।

ঐবু লংশেক্লম্লগা মায়াগী লাংদা
নীংতম লান থেংনরুনি হায়দুনা
চৎখ্রে বোন্দা ইচাদো।

থংনবা টেবলদা নুপা অমা।
জ্ঞান অমত্তা তাদ্রমাল্লে।
সোদাগী লিক্লিদা য়েংলি ঐসু,
কাদি সুকহেন হেন্জররোই।
অদুঙৈগী স্মৃতি কয়াগা
শান্নজগে ঙসিদি
লংশেক্লুনা বাখল অবা-অনাগী।

ফংহৌদ্রবসু গাড়ি
চে-না শাবা হি হোন্দুনা
য়ৌগনি য়ূম খুৎনা খোঙউপ পায়দুনা।

শাংলবা লম্বী-লমশাং
চৎকনি খিক্ল-খিক্ল লৌবুক্কী লিক্লা,
ঈথক হৌহন্দুনা চাউর-চাউরবা
কিহন্জসনু লৈরাই-চাবী তুরেলনা
অমুক্তুংগা ফংজগে অঙাং ওইরিঙৈগী অঙকপদো
খুত্তা লালতেন পায়দুনা অমম্বদা চৎপগী তুজুংবদো।

হুন্দোক্লম্লগা ঐবুনা অফা-অপুন মরক্তা
নীংতম লান থেংনরুনি হায়দুনা
চৎখ্রে বোনদা ইচাদো।

ফংলোই হায়বা খঙ্‌ন-খঙ্‌না ঙরাং অহিঙ
লাক্লম্মী পুলিশ গাড়ি অনী

নোংমৈ চীন্দোন থাঙ্গৎতুনা
কোয়থি কোয়থি থিবদা
ইমুং পুম্বা কোয়চাই চাইখাইবিরম্মী।
নীফূ লাল্লবা মৈ মুৎকদৌরবা ঐঙোন্দা
চক্ চক্ থিন্দুনা মৈ অমুক চাকখৎহল্লম্মী।

মীয়ামগী খোঙচৎ উরগা হৌজিকসু
লেপ্লি লম্বীদা হরাও-তুজুংগা লোয়ননা
মীয়ামগী মীতিনদা চত্তুনা তারি
কনানা করি হায়রিবা।

কানগুম্বনা অফবা খরা তৌরকপদা
থাগৎলি মদুবু।
সংসারসিদা লুপ্লবনিনা ঐসে
থাদোকপসু ঙমদ্রে।
হুন্দোক্লল্লগা ঐবু মায়াগী লাংদা
চৎখ্রে বোন্‌দা ইচাদো।

অদুন্নদি ওইরগা
মাগী মখুত্তা উরি নীংতম-ফিরাল
মথোৎ কারকপগী লৈবাক্তা ফম্বাল তোংলিবা
ঐনা পায়রম্বা অদুঙৈগী ফিরালদো॥

## লোন্‌থোক্তবী কোকিল

বাহৈশিংদো থাঙ্গৎতুনা
বাহৈশিংগী মথক্তা
লেল্লম্বনি মতমদো
অবা কোঙ্গাইগা লোয়ননা

খঙ্‌দ্রে হৌজিক্তি তৌগদবসে করিনো!

কনানবু ওইরিগবা
য়াংখৈ লাল্ল'সিদবু
ফাগিনি হায়দুনা
পোনগী মনুংদা

থমজিল্লল্লগা চৎপ্রিসিবু কোকিল অমা।

নুংঙাইনা লেল্লম্মী
কাউবু কাউথোক্লুই
নীংবু নীংশিংলুদে
কনাগী মিংনা করিনো

চীং অদুনা করিনো? তুরেল অদুনা করিনো?

হাংদোক্লদুনা
থম্মোয়গী পৌরোল
পোনদা লৈরিবী
লোন্‌থোক্তবী কোকিল

খোংলকপা থোক্লবদি খঙহৌদনা করিগুম্বা—॥

## ওইফম থোকই

লম্বীশিংসে তৌখায়-খোৎকায়রি
লম্বীশিংনা খোঙ-খুৎ থুদেক্লি
মরমদি, লম্বীশিংসে চাউথোরক্লি
চাউথোরক্‌ফমসু থোকই—

কয়া কুইনা লৈখিগদগে অঙাং ওইনা?

চাকানা শরু-শয়াং থুদেক্তুনা
গাড়িনা গ্রুং-গ্রাং চেনগদবদি
অদুদতনিদনা!

খুবাক খুবিয়ু
ইবুঙো ইবেম্মশিং—
বেশ বেশ!
ভালো ভালো!

বাংল-বাংলবা ফুরা-দলান
ইহে-হে বাংজসনু
বাংখৎপা তাবনি!
ঐখোয়গীসু হোংদোক্লবা মতাং
য়ৌরক্লে হৌজিক;
তৌগদবা থবকশিংদো
য়ান্না থুনা!
য়ান্না থুনা!

ময়ুম-মকৈ লৈজদবা, লৌরী ইংখোল নাইজদবা
মখোয়'দুগী মমিস্তুবুদি
ফুরা-দলানশিংসে
খরবুদি চক্ চক্ থিন্নীংঙাইনি!
তশেংবদি, মতীক মগুণগী বানি—

মীনা বানা শুরগা ফমদুনা চাবা কাঙ্বু
মখোয়তনা ফংঙি ঈশ্বর মাবু।
ফজত্রনে, ঈশ্বরগী মচাশিংনা
তৌরিসে য়েংঙুনে!

খুদোং চাবা হেল্লিমখৈ, ভাড়াসু হেনবা তাবনি।
ফন্ ফন্ চোংনা, ফন্ ফন্
হেনগৎফম থোকইনা!

নোংমা নোংমগী
খাজনাগী পোৎলুমনা
ইংলা পিংলা য়ৌখরে
য়ৌফমসু থোকপনি।

অদুগী শরুক, ঐনা হায়জবদি,
(অদোমগী য়াইফবা পাম্বনি ঐসে)

নখোঙ থাংবা থোক্লিঙৈ
চৎথ্রো মতম লৈরিঙৈ
অপুম-অশা পৈফমদা।

কোরৌনা মঙাল লৈরিঙৈ
ফজ-ফজনা ঙাঙ্নরিঙৈ
থাদোক্লুনা চৎথ্রো সহরসে।

শেমজিন শাজিন্নগা লৈফম-থোকপশিংনা
লৈজসনু কৈদৌগে।
মশা-মউ নোয় পেনখৎলক্লিবশিং
চাজসনু অথুম অহাও
কোয়পাই পাইরক্লুনা মরোল মরোল
শিনথুংগ্রে মখোয়না সহরসে।

মখাদা লৈরিবশিংবু নমথদুনা পাংথলদা, হোয়দা
নমথজসনু কেদৌগে।
শাগৎলক্লি পেরে হরাওমখে লাংবগী
তুরেল মপান্দা,
পার্ক পার্কতা।

তুমিন লৈয়ু বাঙালী, করি তৌজ-শারিবা
করি থোক্লবগে নখোয়বু কলকতাগী?

## থৌরী চিংবী

খোঙফম অমনা মপান্দা।
খোঙফম অমনা
পূক্লিং লৈকোন্দা।
পামেল উশাদা হাই-হন্নি।
অতিয়া-লৈরাং
য়োৎহ্লিংনা পুন্নবা
স্মৃতি কয়া
তৃমথখি উরাদা।

খোঙফম নামা থাঙ্গৎপগা
খোঙফম নামনা
ঈন্নি তুংলোমদা।
অমনমুক থাদোকই
অমনমুক চিংই
অমনমুক হৌগৎপগা
অমনমুক তুথে।

খোঙফম অমনা মপান্দা
খোঙফম অমনা
পূক্লিং লৈকোন্দা।

খোঙফম অমনা থাংজিনবগা
খোঙফম অমনা
লৈশিনগনি মরুমদা
খোঙফম অমনা কিজদুনা
মশা তাশিঞ্জবগা
খম থেংনা শাউই অমনা
মশোং ফন্দোরকই
মৈ হৌরকই।

খোঙফম অমনা মপান্দা
খোঙফম অমনা
পূক্লিং লৈকোন্দা॥

## হনুবী অদু

হনুবী অদুনা অসুক কুইবসি
নপচবনি শষ্ঠী চেকপল অদুদা
পূন্নে ভদ্রলোক্কী মচা-মশূশিং
লাঙ্‌লৈ নোংমদি মফম অদুদা

লৈরোং হাপ্‌তুনা মচু মচুনা
ইরম্মী য়েক্লম্মী করি করিনো
খণ্ডজদে করিসু হনুবী অদুদি
কনানা কনানো করম্বা কাঙবুনো

অনী থোক্লা য়েম্থোক্লে
চেকপল অদু নাকন নাকন
চৎখি কাঙলুপ অনীমক
মাগী মাগী খোল থীন্দুনা

কাঙলুপ অমনা হায়, ভাই
শঙ্গোম তেঙ্গোৎ অম-মম্‌দি
নুংতিগী পীথক্কনি শোয়দনা
ঈস্ত-ঈনখৎলু ঐখোয়বু ময়াম্না

কাঙলুপ অমদুনা হায়, তারুনু
ওইদবা ঙাক্তনি ঙাঙ্‌লিসে মখোয়না
লায়রবা কোকহনগবদি ঐখোয়নি
য়েংঙু মিত্রংগুম ঐখোয় তৌরক্কে

ভদ্রলোক মচা-মশূশিংগী ফজ-ফজরবা
বাহৈশিংসে তামন্দুনা হন্না হন্না
চোকথরক্লে কোম্থরক্লে হনুবী অদু
কোরৌ নুমিৎ মশীং থীর' থীর'

শম্বীগী থুমোক থাংন-থাংনা
চহী কুমজা কয়া হৌখ্রবা
কুমজা কয়া শুরবা নীংখা তম্বা?
নীফূ, চহী নীফূ শুগ্রবা?

হনুবী অদু তকথোক্নুনা
চেকপল অদু য়েঙ্খোক্নে
কাঙলুপ অনী নাকন নাকন।
খাঙ্ড্ডি অদু ফাওবদা
খ্বাংগোল্লবী হনুবীদো॥

## খুক্উ য়ৌবা ঈশিংদা

খুক্উ য়ৌবা ঈশিংদা চৎলকই নুপাদো চবুক চবুক
অদুগা খল্লকই,
লম্বীদা ঈশিং থূমগনি হায়বসিবু
খল্লুবগে কনানা।

ঈশিং থূম্লগদি
মনুংদা উদনা লৈ করি করিনো
নীংশিংলুদে ঝাফমসি মহাক্না।

মিৎকূপ হেক মতুংদা খঙহৌদনা কোঙ্গুৎ অমদা
মহাক্কী অরানবা ঝাখল অদুগা
মখোঙগী শরূ অদুগা
তেকমিন্নখি অনী পূন্না অমুক্তদা।

অদুদগী ফমথৈ ফুটপাথতা
খুক্উ য়ৌবা ঈশিংদো
য়ৌখৎলকখি ঙকশম খুদক্তা॥

# হায়েনাগী খুৎনোক

তুংলোমদা খোঙথাংগী নাশোন তাবদা
শাউরংননা হায়খি
কাইহৌরগনু ঐবু হৌজিক
চৎথোকখ্রো ইনাক্তগী

জগোই শার' শার' চৎখি

তুংলোমদগী নোংমসু খঙহৌদনা
মিৎ অনী খুমজিল্লে মহাক্না
মখুৎ অদু লৌথোক্লগা
কলম মচীনলোমদা য়েংলদুনা
হায়খি য়াক্লবা বাহৈনা
হৌজিক ঐগী মতম লৈতে
চৎখ্রো হায়রিসিনি নঙোন্দা

চেন্না চেন্না চৎখি মহাক

হৌজিক্তি ঐ থবক-থনা লোইশিল্লে
খুৎতা লৈরে মতম পাথোক্না
খোঙ-খুৎ শিৎ তিংথোক্লনা ফন্নগা
'নাম' অদুমতং
হন্না হন্না জোপ তৌরি মালাদা
বাখলনা য়ৌখি অদুঙৈ মতমদা

মাঙ্দা হৌরিবা উনা-বানাদগী
তারক্লি নোং মরিক মরিক
ফক্লাং ঘড়িদা হায়বা ইন্দ্রবা
তেক্-তেক্ তেক্-তেক্ মখোল
লাইবক্তা হমাংনা মরিক মরিক

তুংলোমদা য়েংথোক্লগদি উবসু য়াই
চেবাংদৌনা ভৌরবা শরূ মাঙ্দা থম্
পেল্লবা হায়েনা অমা
নোকফেৎ নোকফেৎ
মহাও খঙ্না খঙ্না
লেক্লি মরৈ মখোল থোক্লা॥

লাক্তে লৌবা কনাসু

ফিরোল শেৎচিল্লগা শেম শাদুনা
ভাইদুনা লৈরক্লিবসে কুইরবনি,
প্রোক প্রোক চাকই তৌরিসে,
লাক্তে কনাসু ঐবু লৌবা

থবক-থনা পূন্নমক লৌইশিল্লবনি
টেবল নাম্থোক-খোত্তোক' ফাওবা
ঘড়িগী কাটানা চক্ চক্ থিল্লি
লেপ্তনা মিৎকূপ কাংদনা

লাক্তে কনাসু ঐবু লৌবা
লাক্তে কনাসু ঐবু লৌবা

থোঙ্নাউদা ফূজিল্লকই
তারমদাই কৌরৌগী
সনা মচুগী মশেক

মুৎলবা বেড়ি
লৈরি তাদুনা এস্ট্রেদা
অরোইবা খুৎচিংগী মৈখুনা
থল্লি কা অসি পুংথন

লেংবান্দা য়ানবা খাউ
অমুক থম্মি অমুক য়ানশিল্লি
খোঙ্উপকী ফিতা
অমুক পুনশিল্লি অমুক লৌথোকই

লাক্তে কনাসু ঐবু লৌবা
অরেম্বা তারে শেম-শাবা

ইখঙ্-খঙ্হৌদনা মপাল্লোমদা
তাবগুম তৌই খোঞ্জেল অমা
না থাঙ্গৎলি

নত্তমাম্লে করিসু নত্তমাম্লে

থোঙ্‌জিন মরোল থোকখিদ্রে
কদায়দগী হয়িংনো তোংলরিসিবু হকচাংদা
ফনদি কুইরবনি ঙাইরক্লিসে ঐনা
মতমগী খোঙ্‌চৎ চপ্‌ লেপশ্রে ॥

## কুম্মৈনি

নমথীবদু মাঙহনখি ধূপকী মনম্না
মাইকৈ পূন্নমক মৈখুনা পুংমম।
কিবনা ময়াম তূমিন তূমিন।

নিংথৌগা নিংথৌগা থেংনবা লান্নি
কনাগী মখুত্তা রোং কয়া য়াওরিবা?
মদুগী লাল্লাউনি মাইকৈ অনীমক।

চহীগী পোৎলুমনা নমথশ্রে যৌবন,
ময়ামগী অপাম্বা থুংননবা ওইনা
খুঙ্গংদা সহরদা ভোটকী কৈথেলদা।

পূকচেল শেংবগী মায়খুম উপশিল্লি তৌশিন্নবশিং।
মাঙদা থম্নগা খদাং-কন্বী লাইথিবীশিং
থাঙ্ ফেঙ্লি মরুমদা য়েক্লবনা।

ঈচাউগা ঈকংগনা
কুম্মে য়েংঙি থবায় তানা॥

## অমম্বগী দূত

মিৎ উইশিল্লগা ফমদুনা লৈরি ঐ

খুদুম তাশিল্লিবা খুৎ অনীগী মরক্তা
মাঙ্দা
লাওনা ফাক্তোক্নুনা লৈরি
ঙসিগী পাউজেল চে
হামুক-হনাই ইতৈ-তৈ
মমায় ইমক মকশিন্না
মায়থীবগী পাউ পুরকপগুম

মিৎ উইশিল্লগা ফমদুনা লৈরি ঐ

অমুক ফাওবসু য়েংদনা
উচেক-বায়ানা পাবদৌনা
মথং মথং ঐ হায়থবা ঙম্ই

কনানা কদায়দা করিগী কমদৌনা
খোঙথাং লেপ্লা লৈতনা
চৎলিবগে কনাগী মঙক শোইনবা

লংজানা উৎসোব খুন্ননবা
অশিবা হকচাং কনাগী
হন্দোক্লগদগে মঙারক-কানবীদা

মিৎ উইশিল্লগা ফমদুনা লৈরি ঐ

মায়থীবগী পাউ পুরকপা মাবু
ঈনথোকপ্রগা মরুমদা
রুদ্রগী য়াইফবা শক্তমনা
মাঙ্দা লেপ্লরবা মতমদা

মতম অদুদতা
মিৎ অসি খংপাঙ পাঙ্থোক্কনি

মতম অদুদতা ঐ য়েংগনি॥

## খোঙ্গুল তাদবা

লৈমায়দা খোঙ্গুল তাবদু য়েংল-য়েংলদুনা
মীহাৎপদুগী
খোঙ্গুল লীরম্মি ঐনা

নাঙ্খোকপা য়াদনবা
হন্দক্তি ফারনি মহাক শোয়দনা

খোঙথাং খরদং কূমথরগা
লৈঙোইগী লৈঙোই ঙাক্তা অকংবা
খোঙ্গুল তাফম হেন্না ময়েক শেংগৎলকই

হন্দক্তি মহাক
চেনবা সুকঙম ঙম্লরোই

খঙহৌদনা ঐগী খোঙ অনীদা
খঙ্‌য়ে য়ৈরে ঈথক অমা

মায় হাইগব্বুনা য়েংঙি
মাঙ্‌দা মিৎয়েংনা তাম্বা ফাও'
ঈশিং ঈশিং ঈশিং ঙাক্তা

মসিদা কনাগুম্বগী করিগুম্বা
খোঙ্গুল তাবগী ৱাদি লৈত্রে॥

## ঙাইহিরিবনি কৌরকপা

কনানো অমনা কৌরকপনি ঙাইহিরিসে
হেক কৌরকপগা চৎপা য়াননবা
খোঙ নামা থাঙ্গৎতুনা লৈরবনি

পুক্লিংসে লাঙ্‌তক্লুরি চৎননবগী ৱাখলদা
না অসে থাঙ্গৎতুনা লৈরি
হায়বা ঙমদে কনানো অমনা
হৌজিকমক হেক খোঙ্‌ থীল্লকপসু

কদায়দগীনোদা, ওহোকপনি
খোঙনাউগী পর্দানা শান্নরি
ফিজী-ফিগাওদা নুংশিৎ কোনশিন্দুনা

খোঙ্‌গী ফেনাৎলোমদা য়েৎলুই
হামু হামুনি অদুগৈগী
হৌজিক ফাওবা তুম্বা লৈতে তৎপা লৈতে

ৱাশ্‌কাৎ অদু হৌজিকসু ইহন্‌-হল্লি
বেড়িনা চাকখিবা
মফম অদুতংনি

কৌরকপগা চৎকদৌরিবনি
খৃদক্তা হেক্তা চৎপা য়াননবা
ফিরোল শেৎচিল্লগা ঐ
লৈরবনি শেম-শাদুনা ॥

# হে সখা

দোলাই খাম্উ, কেশব!
নঙনা তাকপিবা তত্ত্বজ্ঞান পূন্নমক
লোইনা ময়াই চমখ্রে
লোইনা মতম হেনখ্রে।

নোরোক্কী মশক ওইরবা কুরুক্ষেত্র থাদোক্তুনা
পামজরে ঐহাক
লৈমায়থক্তা লেপচবা।

লৈবাক্কী মিহৌবা, ঈমু-নাইমু, হাৎন-শুনবা
মখা অমুক চত্থরনুসি।
হে মীথোই-মীহেনবা, নঙগী নখুৎ পায়দুনা
মালেম-পৃথ্বী শীন-থুংনা
য়ৌরকপা ওইসনু
অমত্তা ওইবগী ৱাখল,
নুংঙাই-য়াইফবা,
প্রেম-ভক্তি,
নুংশিনবা।

কুরুক্ষেত্র অসিমক্তদা পোকপা ওইসনু
হে ইতাও ইবুঙো,
ঙসিগী শেংলবা খেনফম অসিদা
অৱা-অনা কোকপিহৈবা চেন্-চোংদুনা শান্নফম
নঙগী থম্মোয় বৃন্দাবন।

দোলাই খাম্উ, কেশব!
ঐঙোন্দা তাকপিবা তত্ত্বজ্ঞান পূন্নমক
লোইনা ময়াই চমখ্রে
লোইনা মতম হেনখ্রে।

থম্বাল মানবা মিৎস্নানা
হে সখা,
অমুক্তা য়েংবিয়ু অনৌবা লম্বীসে
অনৌবা ৱাখলগী থোঙ হাংখ্রে।

থম্বিখরো লানগী মোইবুংদো
পায়খৎপিরো নঙগী নুংশিরবা বাঁশীদো॥



